**MEECHELNI EIDI**
*(A Collection of Manipuri hundred songs*
*by M C Priyobrata)*

**অফোঙবী** ঃ মোইরাংথেম শীলা (বেবী)
কোংবা নোংথোম্বম লৈকাই, ইম্ফাল

**খূৎনম** ঃ অহানবা,২০০৭ ইং (থৱান)

**কোপী** ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

**হক** ঃ অইবগী

**মখূম** ঃ মোইবাংথেম সান্তা চনু
কোংবা নোংথোম্বম লৈকাই, ইম্ফাল

**মমল** ঃ লুপা ৮০/

---

নম্থম ঃ লমযানবা প্রিন্টার্স, কোন্নুং লম্পাক, ইম্ফাল।।



নঙনা পামজখিবা,
মোমোন্দা নোক্তুনা
চে খরা কলম অমা পায়দুনা
খোরি খোরি ইশিঞ্জখিবা,
ঐখোয় ইরক্তগী হান্না খোঙদোই হুনখ্রবা
ঐখোয় ইমুংগী তাতোন
ঁএম. সি. প্রিয়োবর্টা,
ঙসিদি ময়েকশিং অসিনা
লিক্লাং পরেং ওইনা "মীচেলনি ঐদি"
হায়না মীংথোল্লদুনা লাইরিকসে পুথোক্লে
নখূৎমক্না লৎনবা নৈতনা লৌশিঞ্জরোকো।

নচল
এম. শীলা (বেবী)

# ৱামাঙ য়ানবা

এ. আই. আর. রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা পুথোকচবা লাইরিকসি মশীং তরূক শুজরে। ফোরমগী পান্দম অমগী মখাদা পায়খৎচরিবা থবকশিং খরদি ঈশৈ ময়েক-ইবশিং নৎত্রগা ড্রামা ইবা (অইবা) অমমমগী লৌখত্তুনা ফোরম্না মতেং পীব-ফোঙবা, অদুগা লৈখিদ্রবা লীরিক্স নৎত্রগা রাইটর অদু ইকায় খুম্নবা উত্তুনা ঐখোয়না চহী অমা শ্রধাঞ্জলি কৎচবা অসিনা পান্দম খরগী মনুংদা অমনি। হন্দক লৌখৎচরিবা লাইরিক অসি নহা ইওই ওইনা লৈখিদ্রবা এ. আই. আর., ইম্ফালগী লীরিক্সীস এম. সি. প্রিয়োবর্টগী ঈশৈ চাম্মগী খোমজিনবা লাইরিক "মীচেলনি ঐদি" হায়না থোনবা লাইরিক অসিনি।

খনগৎলিবা ঈশৈ চাম্মসি লীরিক্সীস অসিনা হিংলিঙৈ মতমদা ওদিও কেসেং মঙা পুথোকপদা মথং-মথং লাম্হোকখ্রবা ময়েকশিং, এ. আই. আর. ইম্ফালগী থোঙদা তাহনখ্রবা অমদি মশামক্লা খূৎই ওইনা থনম্বা ময়েকশিং খোমজিল্লগা পুথোকপনি।

লৈখিদ্রবা এম. সি. প্রিয়োবর্টা নৌহৌনা শক তাকপা তারবদি মহাক য়ং সোসিয়েল ৱার্কর অমনি অদুগা কোংবা ব্রাঞ্চকী কম্ম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইম্ফালগী মরু ওইবা থৌবুবা অমনি। মণিপুরগী নৌনা লিংখৎলকপা সংস্থান খরগীসু মরু ওইবা থৌদাং লৌরম্বদগী হেন্দোক্কনা সেক্রেটরীমকসু পুখি। লোইননা কোংবা ব্রাঞ্চকী এম. মী. পোগী জেনেরেল সেক্রেটরী, ওল ইন্দিয়া ষ্টুদেন্ট ফেদেরেসন, ইম্ফাল ইষ্টকী জেনেরেল সেক্রেটরী, ওল মণিপুর এদেট কলেজ এসোসিয়েসনগী জেনেরেল সেক্রেটরী হায়রিবশিং অসিগীসু থৌ-পুরম্মী।

মহৈ তম্লীঙৈ মনুংদা থবক পূনা পূনা অমুকসু মোর্দন কলেজদগী ষ্টেন্দর কলেজদা বি. এ. লোইশিন্নবগী হোংবদা, কলেজসিগী জেনেরেল সেক্রেটরী

লেপ্তুনা কাবদগী (ইং ১৯৯৩-৯৪) চহীদা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইদুনা কলেজসিগী চাউখৎনবা হোৎনখি। লীরিক্কীস অসি মীয়ামগী থবক তৌবদদি চোকথবা নায়খিদে, সংস্থান কয়াগসু মখা তানা শন্নখি।

লৈখিদ্রবা এম. সি. প্রিয়োবর্টা ইবগী লমসিদসু মতমগী ময়েক ইবশিংগী মনুংদা খূৎ থেকপা য়াব লীরিক্কীস অমনি। ঙসি এ. আই. আর. রাইটর্স ফোরম্না পুথোকচরিবা ঈশৈ চাম্মসি মখল অহুম থোক্লা থম্বা মীৎয়েংগী ময়েকশিংনি। খূদম ওইনা অহানবদা, ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজবা, মাবু নীংজবা (শোঞ্জবা), চঙজবা ৱাখল্লোন অদুগা অনীশুবদা, মমা লৈবাকপু শৈথাদুনা শক শোঞ্জবা, মতিক মগুণ থাগৎপা, কথোকপা! অহুমশুবদনা নুংশি নুংঙোলদা য়ূম্ফম শেমগত্তুনা মখল তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংগী মশকশিংদুনি। ঈশৈ হায়বসিমক্তবু মীগী মনাকোংদা ঙহাক লৈতনা তাথ্রবা, শুর অমদি শৈহেক অদুনা নীলদুনা লৈহৌরগদা ময়েকসু কোন্না থিনরকপা ঙাক্লী। শোয়দনা লীরিক্কীস অসিগীসু ময়েকশিং অসি লাইরিক ওইনা পুথোকপদা মীয়াম্না পাম্নগনি, মাবু অমুক্কা হন্না নীংশিংবদা লাইরিকসিনা অচৌবা মতেং ওইগনি।

অরোইবদা এ. আই. আর. রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মখাদা এম. শীলানা পুথোকচরিবা লাইরিকসি মীয়ামদা শীন্নজরে, অপাবশিংনা নৈনবীদুনা অমদি ঈশৈগা মরী লৈনবা কাংবু খরগী মফমদা কান্নবা খরা পীজবা ঙম্লবদি ফোরমগী হোৎঞ্জরুবা পূন্নমক মহৈ য়াল্লে খঞ্জগে, অদুগা সাহিত্যগী পুক্কৈদসু ঈশৈগী খূদোল লেপ্তুনা তল্লী হায়বসিমসু উৎচগে।

ইম্ফাল
তাং ২২/৮/২০০৭ ইং

**মুতুৱা তোম্বা**
সেক্রেটরী
এ. আই. আর. রাইটর্স ফোরম,
ইম্ফাল

# অফোঙবীগী ৱারোল

মীওইবসি শীনি ইখন খল্লুদবনা শাউনবা, চৈনবা, অমনা অমগী ৱা তান্দবা মখৈ পঙাঙ ঙাঙনবা হায়বসি ঐখোয় খুদিংমক্কী হৌনশানি। মনুং মতম চাদনা ইমুং মনুংদা লৈখিদবা য়াওরক্লগনা পেলহৌদবা, নীংঙম্মক্তবা হায়বসিগী ৱাফম্না নুমিৎ চুপ্পগী লাইনীং অমদি ওইহল্লীবনি। তশেংনমক নীংশিংনবা মী অমনা তৌরম্বা মওং মতৌ, লীচৎ, পূন্নমক্তুনা লৈহৌরিবা ঐখোয়না নীংশিং নীংশিংলগা শোনবা, খঙহৌদনা পি তাব হায়বসিসু মশীলনি।

ঐখোয় ইচীন ইনাউ নিপাল পোকপগী মনুংদা পলেম পম্বৌগী মচা মঙাশুবা ওইরিবা ঐগীদি ইবুং এম. সি. প্রিয়োবর্টা অসি ইচীন ইনাউশিংদগী খরা তোপ-তোপ্পী, শক্তা-ৱাঙাঙ শঙাঙদা অতৈগা মান্নদে। ঐখোয় ইরক্তগী ইখঙ খঙহৌদনা ইং ১৯৯৬ সিদা থম্মোয় লাইনা অমদগী লৈখিদ্রে। মানা অঙাং ওইরিঙৈদগী পামজবা ঈশৈগী কলা অসিদি লৈরোইদবা মীকুপ খরদু ফাওবা থাদোকখিদে, ঈশৈসু ঙংনা ঙংনা ময়েক কয়াসু ইরম্মী। ঐখোয়বু মাগী ঈশৈদুনা ঙসি ফাওবা নীংশিংহনবগী চৈথেংদুনা কাউথোকপা ঙমহনদ্রি।

মখূৎমক্তা ইরম্বা ঈশৈ চাম্মদং লৌখৎলগা ঙসিদি মীয়াম মাঙদা লাইরিক ওইনা খূৎশীন্নজরি। অদুগা এ. আই. আর. রাইটর্স ফোরম ইম্ফালনা লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা হোৎনবীখিবা পূন্নমকপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপসু ফোঙজরি। অরোইবদা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মেনেজর টি. মঙ্গী অমদি জায়প্রকাস (জপু) শর্ম্মানা লাইরিকসি অথুবা মতমদা পুথোক্লবা হোৎনবদা লৌবীখিবা থৌদাংবু কাউজদবগা লোইননা শীংঙম্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরবনি।

**অফোঙবী**

# লমাই তাকপা

# কৈলাশ চীংদোলদা

কৈলাশ চীংদোলদা
নথন্তা ঙাম্থোইবা,
মোমোন নোক্তুনা
জগৎপু য়েংইবা।

নঙবু কৌজরি
তোল্লবা ননাইনা,
করি ধ্যাননো
নহাক্কা তৌরিবু।

শাউবদা অকিবগী
মশক ওইবা,
ইং-তপ্পা লৈবদা
জগৎপু শুমহৎপা।

নহাক নত্তনা
কনানসু পীঙমদে,
নীংজবা কয়াগী
মনীং থুংহনবদি।

# তাইবং সংসারসিদা করিগী লাকপনো

তাইবং সংসারসিদা করিগী লাকপনো
কনাগী মরূপ ওইরুরো থারকপনো,
থিরি ঐনা লম্বী ফাংদুনা
কদাইদা লৈরমদগে নীংদুনা নঙবু।

মীওই মপোকসে খঙজবা ঙল্লদি
লমফৈ চৎলোই নঙবুদা থিনি,
নহাক লৈরে খঙনবা তাকপীরো
ননাই ওইবনা লৈফমদুদা লাক্লগে।

ব্লারবা পুন্সিনা থিবদা ফঙদবদি
ইপাপ চেনবগী ফঙদবনি খঙহনব্রা,
পোকপা শীবা অনীনা পূনবা
নহাক্কী থৌরিদি কন্না চেৎলি।

# মীরানা শারি জগোই

মীরানা শারি জগোই
মবুংঙোগী মমাঙদা,
পান্বোম ৱাংনা থাংগত্তুনা
থেক্লা নৌনা শাজরি।

অঙাং ওইরিঙৈবু নীংশিংলগা
মোমোন নোক্লা হায়রি,
দোলাইথক্তা পুখিবা মহাক্তো
কদাইদা পুরিনো মাবু!

হয়েং চাওরগা ঐনা
কনাগা লূহোংনি হংখিবা,
অপোকপী পলেম পম্বৌনা
কৃষ্ণগা লূহোংনি হায়খিবা।

মীরানা ঙসিদি থিজরক্লে
মবুংঙোবু কদাইদা লৈ,
মাগী নুংশি প্রেমদা
থৱাইসে কৎখ্রবনি হায়দুনা।

## লোম্না লোম্না য়েংদুনা

লোম্না লোম্না য়েংদুনা
নুংশি হায়বদি ঙমজদা,
ইনাক্তা তোয়না লাক্লগা
করিগী তুমিন হল্লিবা।

এঞ্চাং মথেল হংলগা
নমাই ঙাঙতক তৌখিবদি,
য়ারে করম খুম্মুগে
ইকায়বা পীবগা মান্নরবু।

নুমিদাংবাইরম নঙনা
ঈশিং শোকপা থোরকপদা,
ননাক্তা ঐ চঙলক্কে
নুংশি হেক্তা হায়রগে।

# নঙগী নুংশি মীৎয়েংনা

নঙগী নুংশি মীৎয়েংনা
য়েংবীয়ু তাইবং পূম্ববু,
অমম্বদা কোনশিনবীয়ু তত্তনা
অঙানবদা নীংথিনা থাদোকপীয়ু।

খঙদ উদবা ওইবনা
চঙজবনি নখূয়া-খাদা,
মফম মতম নায়বনি
হায়দুনা ইপাপ্পু ফঙহনবীনু।

ঈপাক্পা পঙখৈ লৈতবগুম
নহাক্কী খুৎশেম অঙকপদা,
নঙগী শাইওল উৎলসু
অপঙবনা খঙদবা ঙাক্তনি।

# পূন্নমক থাদোক্লে ঐদি

পূন্নমক থাদোক্লে ঐদি
অপাম্বা কল্লকপা মীহৌবা,
ঐঙোন্দা অমত্তা লৈত্রে
ইয়ুম অশেংবদা লৈনীংলে।

তাইবং নখোয়গী ধর্ম্ম
করিমত্তা পাল্লুবা লৈত্রে,
ঈশ্বর মানদি অমতনি
মাগী শাইওলদনি খঙহল্লি।

মীওই পোক ওইরবদা
পাপ তৌদবা লৈতে,
কোক্লনবা তাকপীবা লম্বী
ঙসিদি ঐসু চৎলবনি।

# নঙগী মীনোকপু ঐনা

নঙগী মীনোকপু ঐনা
পামজবা ওইনা ঙাওরুই,
নঙগী লৌনম লাংদা
থাজরুই নুংশি খঙদনা।

খোইদাবা নঙোন্দা কৎলুই
ঐগী লৈজবা পূম্বা,
মসিগী মহৈনা ফঙলি
ঙসি মৈচাক অমা।

ইরাল তমথোকফম খঙদনা
পুন্সিসে নীংঙমদবা ওইরি,
ইশানা ইশাবু পেন্দবনা
তাইনফম খঙদবগী তেংথারি।

## নুংশিনা য়েংউবা মীৎয়েংগী

নুংশিনা য়েংউবা মীৎয়েংগী
থিনা চৈবীরে ঐবু,
নঙগী ৱাঙাঙ অমনা
ইকায় নুংশি য়ান্নহল্লে।

ৱাঙাঙ অমগী কোচিদা
মীৎলু পীরাং শিন্থহল্লে,
থম্মোয়গী য়াৱা কাংদ্রিঙৈ
লৌনম ৱাহৈনা লম্লানহল্লে।

নুংশি হৈতবা পূকচেলবু
ঙসিদি নঙ ওইরে,
কয়াম ইরাল লৈদুনা
তমথিনা লৌবীবনো ঐসে।

# করিগী ঐবু কপফল্লি

করিগী ঐবু কপফল্লি
নঙগী ৱাঙাঙ খুদিংনা,
চৈরম্মু মীয়াম মমাঙদা
ঐনা লানখিবা লৈরদি।

নঙগীদমক লেপ্লীবা পুন্সিসে
নোংমত্তা খঙবা লৈতে,
নঙগী থম্মোয় কলমল্লি
নুংশি হৈতব্রা নঙবু।

ৱারৌবা হৈতবা থম্মোয়সিনা
ঙসিদি নঙবু ৱারৌরি,
নুংশিদবা ওইরদি ঐবু
চৈনা পীদুনা ৱাহনবনো।

## মৈচাক খাঙলিবা ঐঙোন্দা

মৈচাক খাঙলিবা ঐঙোন্দা
করিগী নুংশি মীনোকনো,
নঙগী নুংঙাইবগী নপাউ
তাখো ঙসিসু তন্নরিরা।

ঐগী তাবিন্নবা লৈত্রবা
পুন্সিগী ৱারীদি লোৎখ্রগে,
নঙ খঙলসু খঙদনা
ঙসিসু তাদনা লৈখ্রো।

অৱাবনা অৱাবগী মপাউদনি
নুংঙাইবনা য়াইফবগী খূৎলেন্দনি,
খেন্নবা অনীগী মপোক্তা
তিন্নবা য়ারোই থম্মোয়দি।

# জগৎ পূম্বগী অথোইবা

জগৎ পূম্বগী অথোইবা
নঙদি তাইবংগীসু মপুনি,
তোল্লবা ননাইবু লমজিংবীরো
অচুম্বা লম্বীদা ঙসিদি।

নুমিৎ থা থবান্মিচাকসু
ইবুংঙোগী লেংদ্রবা মশক্কী,
নগুণসু ঐখোয়না খঙজরে
হৈরাং লৈরাং খিবীক্তদা।

অমৃতগী মশক ওইনা
ঙক্লবা নঙগী খূৎশেমসে,
শীংথাবগী লোইবা নায়দ্রে
মীওই মপোক্কী হৌনশারা।

# ইমিং থোঞ্জদে নুংশিবা কৌবীয়ু

ইমিং থোঞ্জদে নুংশিবা কৌবীয়ু
মীৎচিনা হায়ফেত্তুং য়েংলকউ ঐঙোন্দা,
কনা খঙদা ইদোম থম্মোয়দা
থমজগে নঙগী নুংশি মীৎয়েংদো।

নঙগী ব্রাখলদা লূপলিবা থম্মোয়সে
কথোকলে ঙসিদি চিংনবা য়াওদনা,
অমুক্তুং নোঙ্ককউ চান্নবনি খন্দুনা
লৈপূন শেল্লসি মীনোক্কুনা পুন্সিগী।

নঙগী আশাদা খোঙগুণ লিরিবা
পাউথাং চত্তুনা নুংশি শাগৎচরি,
কনাগুম্বনা মীহৌ-লাংদা পূনখিনি
চেকশিনজৌ থম্মোয়গী চান্নবী নঙদি।

# নীংথিবী মৈতৈ লৈকোলসে

নীংথিবী মৈতৈ লৈকোলসে
ইমাগী পোক্লফম লমদমনি,
তাইবং শীন্না শাৎলিবা
নঙগী কোলোই মিংলেন্নী।
মীয়োক মীচান ফজবী
মৈতৈ পোকপী ইমানি,
নপারি নমোম ঐখোয়না
কৈদৌনুংদা কাউবা লৈরোই।

চীংয়া তময়া খুদিং
শৈহেক শুদ্রবা চেক্লানা,
ইমাগী মিংখৈ শোল্লীবা
লোইনাইদবা নগুণবু শৈথাবনি।

# ইমাগী লমন শীংলসি

ইমাগী লমন শীংলসি
পারি ইমোম ওইবনা,
মীনাই য়োৎহিলং থদৎসি
খূত্তা পায়রিবা মৈরাতনা।

পাইহনসি জাতিগী ফিরাল
শকসি মালেমদা ঐখোয়তগী,
লাক্লো অথৌবা নহারোলশা
নোংপোক থোঙ হাংলুসি।
ইমাগী মীৎলু পীরাংনা
লাইজ ঈরিক্লুম তারকপদি,
ঐখোয়বু খূৎলাম তোইরকপনি
মীকপ থোক্লো কৌরকপনি।

# মীনদি হায়নৈ নঙসে

মীনদি হায়নৈ নঙসে
থৌজালগী মপাল নায়দবনি,
অনুতাপ লাক্লবা মতমদা
থৌজানগী ঈরিক্তনা ইংহনবীয়ু।

হিংনীংদ্রবা ঐগী মপোকসে
নহাক্লা নুংঙাইনা হিংহল্লবসু,
লংজখিবা ইরাল কয়াদুগী
পাপ অমতদি কোক্লরোই।

নখোঙ থম্বাল শোকচবসিনা
কোকপা শকপা ওইরবসু,
লংজখিবা ইরাল 'খিবীক্কী
লাল্লে হায়বগী চঙজবনি।

# শক্লা শোন্নরিবা ইবুংঙো

শক্লা শোন্নরিবা ইবুংঙো
তোল্লবশিংগী চঙজফম ওইরিবা,
নখূয়া খাদা চঙজরি
ঙসিদি ননাই ঐসু।

জগৎ পুম্ববু ঙালহন্দুনা
মপুনি উৎলিবা ইবুংঙো,
লাইয়াম লক্তগী অথোইবা
নঙবু থিবদনি কেম্নরিবা।

নঙনা শেমগৎপা পুম্বসু
খোঙচৎ নায়না উরি,
মপোক মপোক খুদিংদসু
নতিকপু উজবা ফঙজগেকো।

# কপ্পা লেনবনা পেঞ্জবনি

কপ্পা লেনবনা পেঞ্জবনি
করিগী নোকহল্লী নঙনা,
লান্না উহন্নবা পুন্সিসে
কনাদা চিরোল তৌরি।

ময়াই কারবা নচীন্দুনা
করম্বা থম্মোয়গী ৱাহৈ,
শারক্কনু ঐঙোন্দদি চিরোলগী
নুংশি ৱাহৈ কয়া।
হৌখ্রে নুংশিবগী ৱারীদি
থম্মোয়দা থাজবা থমদ্রে,
কখোক্লুবা পুন্সিনা ৱাবা
নহাকথক্কী 'সি ঙাইরে।

## লাক্লো তূংগী নহারোলশা

লাক্লো তূংগী নহারোলশা
ঐখোয় অমতা ওইরসি,
ধর্ম্মগী অখুবা মীৎয়েংদা
জাৎ বীজাৎতি খাইরোইসি।

অপূনবা ঐখোয়গী খোল্লাওনা
নীলহনসি মালেম শীন্না,
অহিংশা থাদোক্কুনা ঙসিদি
শান্তীগী লম্বীদা চঙশিনসি।

মচু অহুমগী ফিরালনা
নোংদোল খেৎনা পাইহনসি,
অমতা ওইবগী লীচিংনা
মালেমদা তোমথিল ঙানসি।

# অয়ূক্কী লিক্লানা শিন্থরকপদা

অয়ূক্কী লিক্লানা শিন্থরকপদা
নুমিৎকী মঙালনা য়ৈরকপদা,
লৈমন চনখি শীঙ্গারৈ
থম্মোয়গী লৈরাং মাদি।

অহিং য়ারেকচবী চেক্লানা
নীংঙমদবা মপাউবু তম্লী,
থম্মোয় কায়রে ঙসিদি
লৈরাং পুন্সিগীদমক।

কাউথোক্কে খল্লি ঙমদে
নীংশিংহল্লি মাগী মতৌদো,
পুন্সিগী অহানবা মীৎয়েংফম
লৈরাং মানা ওইবনি।

## লোইরে পুন্সি

লোইরে পুন্সি
মরূ কুমলে,
কান্নদ্রে মপোক
আশা য়াওদ্রে।

মী ওইদ্রে
শা ওল্লে,
খনদ্রে ৱাখল
ইতাউ তাউরে।

অৱাবা হিংদ্রে
নুংঙাইবনা হিংলে,
মপোক অমতা
ইমান মান্নদ্রে।

# ঐগী পুন্সিনা কপ্পা লেল্লিবা

ঐগী পুন্সিনা কপ্পা লেল্লিবা
নঙগী পুন্সিনা নোক্কা হিংলিবা।
খেননবা হায়ববু মীনোক অমমমনি
মীওই পোকসিদা অৱাবা নুংঙাইবা।

নঙনা পুন্সিগী মীনোক কয়ানি
ঐনা মৈচাক্কী মৈরি কয়ানি।
চাংদম্নফম লৈতে লম্বী অমমমনি
কনাদা কনাগী করি হায়নি।

## ভারত ইমাগী লৈকোলদা

ভারত ইমাগী লৈকোলদা
পোকচবা নচা ঐখোয়নি,
নঙগী লৈহাউদা চাউজবা
ঐখোয়দি করিমত্তা ৱাত্তে।

চাওক নাওক ফজবদুনা
অথৌবা অথৌবী পোকপনি,
ইংনা চিক্লা হিংজবসু
ইমাগী মোমোন মীনোক্কেনি।

মঙাল লৈজবা ইমাগী
নপারি নমোম ওইরুবনা,
পাঙ্গল থৌনাসু লৈবনি
সিনা অমতা শোখদে।

# কংলবা পুন্সিগী ঈচেলদা

কংলবা পুন্সিগী ঈচেলদা
নঙগীনা করম্বা মীনোক,
অর্থ থোক্রবা নুংশিববু
কনাগী মফমদা থাজহনবা।

সহরগী লৈঙোই লমদা
নঙগী কীষ্থরবা ফুরাদি,
লেপ্পা য়াদ্রবা নুংশিবসু
শাক্ষি ওইনা ঙসিদি।

লোইনাইদ্রবা খোঙচৎকী ৱারীদা
লৈপূন ওইনা লৈবদি,
মক্লদবা থম্মোয় অনীগী
নুংশি লৈপূন 'সিদনি।

## নুংশিবা অমগীদমক

নুংশিবা অমগীদমক
শীবদি কিদ্রগা,
কায়নবা মীকুপ্তদি
করিগী তেংথারোই।

তেংথারি পেন্না
ঐ ঙসিদি,
পুন্সিগী ওইনা
নুংঙাইবা য়াওদনা।

খঙখিদে ঐদি
অশুক তমথিবা,
নুংশিবগী মৈচাক
চৈনা ওইনি।

# নঙনা ঐগীদমক লেপ্পীরবা

নঙনা ঐগীদমক লেপ্পীরবা
নূংগুম্না কনবা থম্মোয়সে,
কৈদৌঙৈদা থোৎলোইদবা লৈতে
লৈনাদগী হেন্না থোৎনি।

ঐগী মাইথোংদা লোৎলিবা
পীরাং কয়াগী মীনোকসিসু,
কংখিনি নুংশি নহাকথকসিদা
পুন্সিগী লৈপূনসু থম্মকনি।

নাপ্পদা চিন্নীংবা নঙসে
পুন্সিগী লেংদবনি হায়নি,
আশা কয়া কায়হল্লদি
হন্না য়েংখ্রোই মিৎসিনা।

# কায়নবা পাল্লবা নঙনা

কায়নবা পাল্লবা নঙনা
হরাউনা লৌজগে লল্লানবী নকাদগী,
ইরাল অমতং শীরম্মু
নরাল কোকপা ঙল্লবা।

পলেপফম খঙদ্রবা ঐগী পুন্সিনা
চৎখিগে বীদাইগী লম্বীদা,
নীংবা থুংদ্রবা থম্মোয়না
ইদোম খাঙজগে মৈচাক।

মীৎলুগী পীরাং ঈরিক্লা
চাল্লবনি নুংশি নঙগী শক্তমসে,
ইবীরকউ থম্মোয় পেন্না
পুন্সিগী বীদাই হায়না।

# পুন্সিগী অহানবা শৈহৌদা

পুন্সিগী অহানবা শৈহৌদা
মাইথিবা নংখ্রবা ঐনি,
নহাক্কী থম্মোয়না খঙবীদ্রদি
অশুম নীংঙমদনা লেলহৌরনি।

শোকখ্রবা রাখলগী চৈনানা
মৈশা লাংলি ঙসিসু,
কোকপা ঙমদনা ঐদি
পুন্সিগী ইরালসু ওইহৌরি।

নীংঙমদবা ইতোমতগী থম্মোয়
চৈজরি করিগী হেনজিল্লুবনো,
অশেংবা নুংশিবা থল্লুবনা
অরানবা রাখলদা লাকপনি।

## নুংশিবগী মমল কানবা

নুংশিবগী মমল কানবা
নঙনা হায়বদা ইন্নবা,
ফাগী তৌবা ওইনা
ঐগা কায়নরসি হায়রিদো।

মাঙগী ঋারী কয়ানা
লেংদবা শাক্সিদি লৈরি,
ঐনা নঙগীদমক লেপ্পদি
পুন্সি লৈপূন-খক্তগীনি।

ওইদবা কনাগী পাউদমদা
নঙগী থম্মোয় ওল্লবা,
চেকশিলহৌদ্রবা মীকুপ অমদা
বীদাই পীরগে 'সিরা।

# নঙনা মহেল্লে খল্লুবা

নঙনা মহেল্লে খল্লুবা
ঐগী পুক্নিগী নুংশিবা,
অরোনবা নঙগী খোঙথাংদা
ঐসু হোংলকপা মীৎয়েংদি।

কনাগী থৌশিন ব্রাহৈদা
ঐগী ব্রাবু তারক্কবনো,
লান্না খন্নরকপা মীৎয়েংনা
কায়নরকপা থম্মোয় অনী।

নীংজবা নঙগী থম্মোয়না
অনৌবা খোঙচৎকী নুংঙাইবা,
ঐনা নীংঙমদবৈ তেংথাবদা
লৌনম চিরোলদুদং শেংলকপা।

# চীনবালগী ঝাহৈনা

চীনবালগী ঝাহৈনা
নুংশি হায়নবা নত্তনা,
নঙগী থম্মোয়দা
করম্বা থাজবা লৈরিবা।

খোঙফম শোয়রবা
ঐগী ইরালনি 'সিমদি,
খম্বহৌদ্র মীকুপ্তা
থম্মোয়দা তিষ্খঙ ওইহৌবনি।

কনানবু ঝায়েলগনি
নঙগী ঐগী নুংশিবসে,
কায়নবনা দন্দী
ওইরদ্রা পুন্সি অসে।

করিগুম্বদা থেংনরবা
নঙ-ঐ মমাঙঙৈগী মতৌগুম,
হরাউনা কৌরক্কদ্রা
হায়য়ু তনৌরবী খোম্বোক্লা,
নঙবু নুংশিবা
নত্তে হায়না অমুক্তং।

# নঙবু ইচীলসিনা

নঙবু ইচীলসিনা
নুংশি হায়বা,
ঐদি ঙমজরোই
কিদুম কিজৈ।

খোইমুগী তাত্তি
লৌনম চাউই,
চিরোল ৱাহৈদা
তৌব ঙমগল্লি।

পূকচেল খঙদনা
থম্মোয় পীনীংদে,
ৱাহৈনা ফাও
নুংশি হায়নীংদে।

## পুন্সিগী শৈশক্নী ঐগী ঈশৈদি

পুন্সিগী শৈশক্নী ঐগী ঈশৈদি
শকহন্নু নৌহৌনা নুংঙাইবা নত্তে,
পেন্দবৈ তেংথাবনি অন্বাবা ন্বারীদগী
পুন্সিগী মসিনি খঙউ নঙসু।

মৈনি মৈশানি লৈকংলানি চূখৎলুনু
উফুল ওন্দুনা লৈমায়দা তিঞ্জখিনি,
ইবানি ন্বারীদো চেজেৎকুম লৈজহৌসনু
মতমগী খোঙচৎনি হায়না খন্দোক্কে।

নীংশিংবা ওইহল্লদি করন্না লেন্নী
ঐগী থম্মোয় ন্বারি মথক্তা,
তপ্না তপ্না কাওহল্লু ঐবুদি
নমিংসু পল্লোই নোংমা ফাওবা।

# চমথোক্লরসু ইবানি

চমথোক্লরসু ইবানি
লালহৌরিদি ঐতনি,
কৈসু নত্তে
কায়নবা মসিনা।

খোঙথাংদুনা চুন্নদি
শীজৌ ইরালসু,
পুন্সিগী পেন্নবা
নঙনা ঐবু।

নফমদা ইচীনসিনা
হায়খিবা ৱাহৈদুদি,
পুন্সিগী ওইনা
ময়েক্তি শেংলক্কনি।

## লিবীরম্মু ঐগী ৱারীসে

লিবীরম্মু ঐগী ৱারীসে
মাগী নাপ্প য়ৌনবা,
কপ্পা লেলহৌরি তম্বীগেসু
থম্মোয় শোক্না পাউদম্বীয়ু।

কয়াম কূইনা হিংগনি
অমুক্তং মঙোন্দা খঙহন্নবীয়ু,
হৌগ্রবা ৱারীসু লিরক্কনি
তৎনখিবা মরীগী কাংলক্কনি।

পেন্নদবা থম্মোয় অনীনা
থাংদোকখিবা খোঙথাংগী ফিরেপ্তা,
কায়নবা ওইখিবা পুন্সিগী
ৱারীদো ঙসিসু পল্লক্কনি।

# থম্মোয় হুরিবা নঙবু

থম্মোয় হুরিবা নঙবু
কনাগী ওইদৌ মানবগে,
হৌজিক্কে নঙদি খঙলিনি
হায়রো নাপ্পদা লোন্না।

মীৎচিনা শুমখিবা থম্মোয়
চীনবান থোংদা শোল্লিসে,
লোক্তুনা থম্বা ঙমদ্রে
নঙবু পুন্সিগী কনানোনে।

চৈনা ফঙলদি ঙাওই
মরোল থোক্তবা থম্মোয়সে,
নুংশি মশক খঙলুরগনা
তূম্ফম চাফম খঙদবোই।

# পুন্সিগী ওইনা থম্মোয় পীরগে

পুন্সিগী ওইনা থম্মোয় পীরগে
নুংশি অমুক্তা নঙনা হায়য়ু,
শাগৎলি মঙলানসে মঙফাওগে ঙসিদি
নঙগী অরেপ্পা নুংশি ৱাহৈদগী।

লেপ্পীবা মীকুপ্তা থাংগদৌরিবা খোঙথাং
নঙগী মীৎচিনা পূন্দুনা থম্মু,
নুংশিগী ঈপাক্তা মনীং-তম্না
মীনোক কয়াদা তাইবংনি চৎসি।

অৱাবা লাক্লসু ঐ খাঙনি
ইমীৎ য়ামলোই নঙনা লোইরবনি,
লৈপূন অনী শুবা পামদে
নুংশিবগী মগুণ চাং তাখিনি।

## হেনমল্লী নঙগী থম্মোয়

হেনমল্লী নঙগী থম্মোয়
নুংশি হেক্তা হায়বা,
মীমাং পুমাং নায়দবা
'সিবু করি মীৎয়েংনো।

মথোক কারকপী ঐঙোন্দা
নুংশিগী মমি তাহনবীনু,
কুইনা লৈশাৎ তমজখিগে
মীনোক কয়াসু খঙজখিগে।

মতম চারে হায়দুদা
নুংশি অমুক্তা কাংবীরকউ,
পুন্সি লৈপূন ওইনসি
নঙগীদমক ঐ লেপক্নী।

## নোংদোল লিক্লা নত্তেনে

নোংদোল লিক্লা নত্তেনে
মীৎলুগী পীরাং 'সিদি,
নীংঙমদবগী মীনোক ওইনসু
উবীনু ঐগী মাইথোংসে।

নাপ্পদা লম্লানবী কয়ানা
লৌনম চিরোলদা তমখি,
পুন্সিগী অরেপ্পা শক্লা
হিনাও অমগী হিহোল্লূই।

পম্থুং য়ৌদনা ইত্থোক্লম্বা
থম্মোয়বু কায়হল্লম্বা ঙাক্তনি,
পুন্সিসে নীংবা কায়না
ঙসিদি লেনবনা ফরে।

# নোংদোল - থক্কী চেক্লাসে

নোংদোল - থক্কী চেক্লাসে
য়াম্লা লাপ্পা পাইরি,
মাগী পম্বুং খঙলবদি
অমুক্তং লমজিংদুনা পূবীয়ু।

থম্মোয়না নুংশিরু কৌবনা
মাগীদমক ঐদি ব্বারি,
পোন্দা কুইনা লোইনখিবৈ
নুংশি মশক খঙহৌরে।

পুন্সিগী ইয়ূম শক্লা
পোন্দা য়ারেক তম্মীন্নবা,
মানা ঐবু ইন্থোক্লম্লগা
ঙসিদি কদাই চৎলিবা।

## পাখঙ কয়ানা লক্লবদা

পাখঙ কয়ানা লক্লবদা
লম্বীদা চৎচবা ঙমদ্রে,
অঙাং ওইরিবী ঐবু
মখোয় মীৎয়েংদা লৈশাহল্লে।

মনুং মতম চাদনা
মৌশিংদা ঐবু চলহনদৌরে,
কলি যুগনরা খঙদ্রে
মীৎয়েং নায়েং চুমলক্লে।

ঐদি অঙাংনি য়েংবীরক্নু
থম্মোয়সে নুংশিবা খঙদ্রি,
চৈনা অমতা পীজখিরোই
চন্না লৈশাৎ তমজখিগে।

# নোংদোলথক্তা পাইরিবা চেক্লা

নোংদোলথক্তা পাইরিবা চেক্লা
নঙগী পম্বুংফম খঙনীংই,
ঐঙোন্দা অমুক্তা তাক্লম্মু
নতূং ইন্দুনা লাক্লগে।

মম্বুরবা লৈকোল ওইহৌবনা
উপালশিং য়েন্নীং হুনদ্রে,
নঙনা লৈনীংদ্রবা মফমসে
লৈকংলাগী মরুভুম্মী নৎত্রা।

নুংশিরবা নঙগী য়াৰা
তাখিদবা মতম কুইরে,
হল্লকখো লাপ্না চৎখিনু
নহুমফম অতৈদা লৈরোই।

# নুংশি ৱারীদো ঐদি কল্লকখিদে

নুংশি ৱারীদো ঐদি কল্লকখিদে
নঙগী মাগী নতৌসু য়েংজরোই,
পূর্ণিমা চাম্মগী থাবলসু পামদ্রবনি
মীৎকী পীরাং শিল্থবা লোইদ্রি।

নীংবা থুংহনগে ঐঙোন্দা হায়রক্কনু
থম্মোয়না ৱারৌরি মশীং খঙদনা,
চৈনাদা লোইহনগে পুন্সিবু নীংনু
করি ৱাৎলি নঙমক্কা পীনীংলিসে।

য়াব ঙমলোই খাঙবা ৱারে
মীনম্বনা থাজহনদ্রে অমতা ঐদি,
মতম অমদা থম্মোয়সু কথোক্লুই
নুংশিবা অমগী মফমদা পুন্সিসে।

## থমাইবীরে ঐবু

থমাইবীরে ঐবু
মীৎ য়াম্লুবগী,
খিরে খিরে
নুপীদা য়েংজরোই।

শাবী শানৌ
নখোয়দা নুংশিনৌ,
পম্বুং য়ৌনবা
লৈপূন চেৎলু।

কল্লক্কবা ঙমদে
নতৌদা ঐনা,
ওইজনীংই অমুক্তা
অদুঙৈ পাখঙ।

## তশেংনা নুংশি

তশেংনা নুংশি
নঙবু ঐনদি,
ইচীন্না নোংমতা
হায়দোকপা ঙমদ্রসু।

মীগী ওইখিনি
খনবদা ৱাঁজে,
হন্দক মপোক্তি
নীংবা থুংলরোইদ্রা।

নঙগী মীৎয়েং
থম্মোয়নুংগী অর্থ,
ঐঙোন্দা ঙসিনা
করি ফোঙলিবা।

## কায়নবা হায়বসে

কায়নবা হায়বসে
কৈসু ওইদ্রবসু,
ঐগী পুন্সিদদি
কয়াদা লূবা।

নঙগী নফমদদি
ইবানীদৈ নত্তে,
ঐ'মা থুংনদ্রসু
নঙগীদি কয়ানি।

মদুনা ৱাদবনি
নঙগী পুন্সি,
ঐগী নুংশিবদি
অনীশুনা থমদে।

## থাজনা ঐবু য়েংলগা

থাজনা ঐবু য়েংলগা
করি হায়রি তাব্রা,
চিরোল হৈবী কনাগী
লাংদা থাজরুনু তল্লীয়ে।

নঙগী শেংলবা থম্মোয়নুংগী
পূন্নিং ৱাদু হায়রোনে,
নঙ ঐগীসু খঙহনসি
থম্মোয় অনীগী লেংদবা।

কায়নখ্রবা কয়াগী ৱারী
মাদি লোইনা খঙহৌই,
মানা শাক্তি ওইখিবসু
কয়ানি ঙসিদি হায়রি।

## নঙগী নুংশিনবা

নঙগী নুংশিনবা
লৈতেদা হায়য়ু,
নঙবু ঐনা
নুংশি হায়রক্কে।

থম্মোয়না পামজনা
নঙগীদমক লেপকে,
ঐগী নুংশিনবা
অমতা লৈজদে।

পুন্সিগী শৈহৌদা
অমনা কায়হনখি,
থম্মোয় শেংনা
নঙদদি কখোকপীয়ু।

নুংশিবা থিবদা
ৱারবা পুন্সিসে,
নঙনা অমুক্তা
নীংবা থুংহনবীয়ু।

## ঙসিদি কনাগুম্বা অমা

ঙসিদি কনাগুম্বা অমা
নুঙগী থম্মোয়না নীংশিংলিব্রা,
অকাউ পরৈদি চনখ্রবা
নোংমতা নীংশিংদ্রবা মাবু।

লম্বীদা নোংমসু থেংনখিবা
মোমোন্দা নোক্লগা লৈহৌবদো,
থেংনবা থোক্লবসু কৌবীরমদ্রবা
অদুঙৈগী নুংশিবা মহাকপু।

মাগী পুন্সিদি ঙসিসু
নঙগীদমক মৈচাক খাঙহৌরি,
হন্না কনাসু য়েংদনা
পুন্সিগী নাইতোম লেপ্লী।

# নঙসু হায়য়ু

নঙসু হায়য়ু
ঐবু নুংশি,
পুন্সিগী ওইনা
লেপ্লীগে থম্মোয়সে।

মীয়াম 'মাঙদদি
ফোঙনা হায়রক্কনু,
নঙ ঐতা
খঙনরগা লোইরে।

তাইবংগী চৎনবী
মুন্নসু খঙই,
নুংশিবগী ঈপাক্তা
পম্বুংদি য়ৌখিসি।

## থাজবা মাংহনখ্রবা থম্মোয়দা

থাজবা মাংহনখ্রবা থম্মোয়দা
কনাগী মীনোক য়েংনীংনি,
পুন্সিগী নুংশিবা থম্লুবা
নীংবা কায়হল্লে মপোকসে।

কপ্লীবা থম্মোয় অসিবু
কনাগী ৱাহৈদা পেখখিনি,
মীৎয়েংগা চীনবানগা য়াওদ্রদবু
নুজাগী পূকচেল থাজখিদ্রা।

ফজবা লৈশক চিন্নীংলুবা
অরেম্বা ঙাক্তনি খঙলে,
চীনবাহোংগী নুংশি ৱাহৈ
লৌনম্বা তাৎনি খঙলে।

# নূংগুম অদুক কনবা

নুংগুম অদুক কনবা
নঙগী থম্মোয়দি ঐসু,
মীৎচিনা হন্নসু য়েংখ্ররোই
পূক্নিংদা লৈবসু হায়খ্ররোই।

লানদি লাম্লোই ঐনা
নঙগী নীংবসু থুংজরো,
নুংশিবা ফাগী নত্তে
পুন্সিবু লাইনা খনবীনু।

থম্মোয়বু তত্তনা য়ারৌহল্লগা
শমাই লৈদুনা চেনবদি,
নুজা কনানা লেপ্লীনি
নুংশি হৈতবসু উৎলবদা।

## কনানা পীরকপা চিঠিনো

কনানা পীরকপা চিঠিনো
ঐ পাদি পাজরোই,
নুংশি হায়না থারকপা
মীশক্তো মীয়ামসিদা য়াওরিব্রা।

য়াহৌ থেংবা খোইমুনিনা
নীংবা থুংহনবদি ঙম্লরোই,
ঐদি কনাগুম্বা অমদা
পুন্সিসে কখোকখ্রে থাজবীয়ু।

নুংশিগী চৈনা খঙই
হকচিন্না ঐঙোন্দা খনবীরুনু,
তশেংনা য়েংবা ঙমজরোই
মীৎ য়াম্বসু ওইজনীংদে।

# নুংশি হায়রুরবা

নুংশি হায়রুরবা
চেল্লসি হায়রক্কনি,
মীৎচি খৎলুরদি
ঙাওরে লাউরক্নী।

মীয়াম মরকসিদা
খোয়দাব থিরিসে,
পুন্সিগী খল্লগা
লৈপুন শেম্নবনি।

পামজবগী খোয়দাব
লৈরে ফোঙদোকসিরা,
নুপীনা হৌরগা
হেনমনবা পাউথোক্নী।

## করিগী নীংশিংলুরি

করিগী নীংশিংলুরি
হৌখ্রবা মতমদো,
নীংঙমহৌদে হায়না
কনাগী তেংথারুরি।

কাউগে খল্লসু
কাউঙমদ্রে ঙসিদি,
মৈচাক্তা হাপ্তুনা
পীরাং শিন্থুরি।

মতমগী খোঙচত্তা
থোকখিবা থৌদোকশিং,
ব্বারীতা ওইদুনা
থম্মোয়দা লৈহৌরি।

## ৱাহৈমনা পুন্সিগী কাউদনবা

ৱাহৈমনা পুন্সিগী কাউদনবা
লমলানবা ওইননবা ইম্ফোকপীয়ু,
মদুদা নীংশিংদুনা লৈরগা
নুংশিবগী চাং লেপ্লগে।

পীরাংসু কৈশু নত্তে
ঐগী পুন্সিনা খনগে,
পুন্সি লম্বীদা নঙগা
নোংমতং থেংনবনি খন্দোক্কে।

মীনুংশি খঙদবা ওইনা
নঙনা ঐবুদি হায়গনু,
থম্মোয় শেংনা নুংশিবগী
নঙবু লাত্তুনা থমজবনি।

## পুন্সিসে লেল্লী

পুন্সিসে লেল্লী
মহৈ য়ানদনা,
মরু কুমলবা
উপাল অমগুন্না।

উপাল বাপাল
কয়ানা নীংথিনা,
য়েন্নীং হুন্নবসু
ঐদি নাকেহ্লানি।

তাংজফম লৈত্রবা
ঐগী পুন্সিসে,
লৈখোক লোইদুনা
তৃবা ঙাইবনি।

## নাইতোম থোক্লীবা থবান্মিচাক

নাইতোম থোক্লীবা থবান্মিচাক
নঙনা মা-ঐগী শাক্ষিনি,
লেংদনা লৈবীয়ু পুন্সিগী
লৈপূন ওইদ্রি ফাওবা।

থম্মোয় অনীদি চেৎনা
নমিং পল্লগা রাশক্লরি,
অচম্বা নত্তে খঙবীয়ু
নোংমা নঙসু খঙলকখিনি।

কায়নবদি অরায়বা ঙাক্লী
থুংনবগী পম্বুংদি লূইনে,
নুংশিবগী মঙনরিবা মঙলান
মঙফাওদনা নীংবা কায়খিবতনি।

# পীরাং শিন্থবা নত্তে

পীরাং শিন্থবা নত্তে
থম্মোয়গী অরোনবা ঈচেলনি,
নঙনা খঙবদি লূনি
মাইথোংখক্তা ফোঙবা নত্তে।

নবুক্লিংদা নঙনা খনবা
খঙই হায়রোই ঐদি,
থম্মোয় অনী খঙনরদি
ৱাহৈ অমা ফৈনরোই।

পুন্সিগী থৌদোক অমদা
তারকপা পীরাং ওইরম্লদি,
নঙগী নতৌ লিচত্তুনা
ৱারৌবগী পেন্দবনি হায়গনি।

# ঐগী পুন্সিসে

ঐগী পুন্সিসে
চৈনানা হেল্লে,
খাঙবদা ৱারে
থম্মোয়সে কংখ্রে।

নুংশি পল্লনু
পেল্লবা কয়ানি,
কায়নবা ঙাক্তগী
ৱারীসু তাররোই।

পুন্সিদা কনানা
নীংবা থুংহন্নী,
লাকখিনি ঐগীসু
খল্লগা খাঙখোরা।

# নাইতোম থোক্লীবা থাজ-ও

নাইতোম থোক্লীবা থাজ-ও
নঙগা ঙসিদি মীৎচান্নসি,
ৱা'মসু ঐ পাউদমগে
ইকায় থিবীগুম লৈথোকখিনু।

লেংনদ্রবা থম্মোয় অনীগী
নুংশি ৱারীনি তাওনে,
হেন্না নুংশিনবা মরীদুনা
নোংমদি ওইনবদা শাওনখি।

নঙনা 'সিমতং শন্দাইনবীয়ু
তৎন্দনবা মরীসু থম্বীয়ু,
ইবানি থুংনবা ওইবদুনা
নঙতবু নীংজবনি খনগে।

## খৌরাংনা ঙাইজরকপা

খৌরাংনা ঙাইজরকপা
য়েন্নীং-থা,
লাক্লে ঙসিদি
শরত ঋতু।

ঙাইরকই মতমসে
ঐগীনা অরোইবনি,
নঙগীনা থারম্বা
নুমিৎখক্কী য়ানি।

লেপকদবা পুন্সিগী
খোঙফম অমা,
নুমিৎসিগী আশাদি
কায়নবা থুংনবা।

## লৈরাং অমা কেনবগী

লৈরাং অমা কেনবগী
ঐনা কপ্লীবগী মরম,
পুন্সি অমনা নীংঙমদবৈ
তেংথাব 'দুগা পাংককনি।

মরৈবাক নীংবা কনানা
লানফমদা মথৱাই থাবগা,
ঐনা চাংদম্নবা 'সিদনি
নুংশিবগী তেংথাবগী অৱাবদি।

কখোকপগী লম্বী খেন্নরসু
পুন্সিগী মমলদি মান্নে,
থিগনু অমুক হন্না
ঐ য়েংবা ঙমলোই।

# য়েন্নীং হুল্লে ঙসিদি

য়েন্নীং হুল্লে ঙসিদি
ঐগী থম্মোয় লৈকোলসে,
ইনখৎলকপা যৌবনগী মতমদা
পাইরক্লে লমগী খোইমু।

বসন্তগী লৈরাং কয়ানা
তম্বীরে ঐবু নুংশিবা,
মালং শহুম ফঙবদা
লৈতাফম খঙদ্রে থম্মোয়সে।

শক্লকউ ঈশৈসু নঙনা
শাগে ঐনা জগোই,
পুন্সিগী মীনোক খঙনা
শাগৎকে কনাগা লৈপুন।

## কায়ন্নী খঙলম্লবা ঐনা

কায়ন্নী খঙলম্লবা ঐনা
নঙবু নুংশি ফোঙলম্মোই,
নঙগী শুমহৎপী মীৎস্নাদুনা
ঐগী থম্মোয়বু হুখিবনি।

চীনবান ময়াগী শমব্রুদু
থম্মোয়সিনা কাউবসু ঙমদ্রি,
নীংঙমহৌদ মপোক 'সিদা
কায়নখিবা থৌদোক্তো নীংশিংহল্লী।

শিহুরিবা পীরাংসে ইথন্তেনি
নঙবু ৱারৌবসু নত্তে,
য়াইফবদা ওইদুনা নঙদি
হন্দক মপোকসে লেল্লুকো।

# পুন্সিসে করিনো

পুন্সিসে করিনো
হংদুন্তা লাক্কী,
চৈনা কয়া
ফঙলবা ঐনা।

নুংশিবা লৈনব্রা
নখোয় খুদিংমক্তি,
ঐগীদি কায়নরে
অহেনবা পান্নক্কুনা।

কোচিদা থাংখিবা
মাগী ৱাঙাঙদো,
কায়নবা পাম্বগী
হৌনবা ওইরমান্নে।

## য়েন্নীং থা অমা

য়েন্নীং থা অমা
লাকপা ঙাইখিদ্রা ঐবু।

কেমদৌরবা পুন্সি অসে
লৈকংলা ওইনা খাঙলি।

শোক্লবা ৱাখলনা শাগৎলি
অনৌবা ময়োল চোংলকখিনি।

পুন্সিসে অকা অকুমনি
মা ঐসু অদু'ঙাই।

করিগুম্বা মতমদা পুন্সিসে
মাঙ তুং শন্নহনখিদে।

# চুমথাং মচু তরেত্তগী

চুমথাং মচু তরেত্তগী
নমিং তরেৎ থোল্লগে,
পলেপফম লৈত্রিবা শক্লোনবু
নুংশি শাইওলনি তাল্লগে।

শমব্রুগুম লেংদ্রবা মুর্ত্তিনা
নুজাগী শক্তম উৎলগে,
লৈচিল নোংফাই মপৈনা
শল্লাংগুম য়েক্কুনা মীৎতাজগে।

নুজাগী মশক মওং
থম্মোয়গী লকাদা থম্ববুদি,
তোমথিল ওইনা তাল্লগা
নুংশিবগী চাংদম্নবনি খঙসনু।

## চোইরবা শল্লাং

চোইরবা শল্লাং
খোমগত্তুনা থেৎচিঞ্জখি,
লৈনম চাউবী
চিঙ্গোংলৈ লৈরাং।

পূক্লিং হুরবা
নুজাগী শকফমদা,
খোয়দানা য়েংলগা
নুংশিনা কাংজখি।

ঐগী পুন্সিসে
নঙনা লেপকদবনি,
ঐদি নঙগীদমক
হোংবা লৈত্রি।

# থম্মোয়দগী তারকপা

থম্মোয়দগী তারকপা
নুংশিবগী পীরাংসে,
অচম্বা নত্তে,
পুক্সিগী অর্থমনি।

লৈনরিঙৈ মরীদা
ঙাওখিবা ৱাহৈ,
কৈসু নত্তে
খনবদুনা তিঙ্খঙনি।

নুংশিবগী কখোকপা
থম্মোয় 'মদদি,
লালহনবা য়াদে
কায়নবদা ওইগনি।

## ঐনা শকুই

ঐনা শকুই
নঙগী ঈশৈদং,
লোইবা লৈতবা
শুর কয়াদা।

থাংলকপা খোঙথাংদসু
ঐনা লেপ্লুই,
নঙগী মীৎয়েংনি
খন্না পুন্সিসে।

পুন্সিসে ঙসিদি
নীংবা কায়হল্লে,
পলেপফম লৈতবা
ঈপাক ওইনা।

# শক্কী কৈথেলদা হাবনা

শক্কী কৈথেলদা হাবনা
মমল তিকপোই নুংশিবগী,
ঐবু নুংশি শৈহৌরম্লগা
করিগী শমাই লৈরি।

ফজবা কয়া উবদা
লাংথাক্লুবা নঙগী থম্মোয়,
পাখঙ কনানা লেপ্পীনি
নঙনা মহেক্লে হায়বদি।

করিগী থম্লুবা নুংশিবনো
মীনুংশি খঙদ্রবী নঙোন্দা,
কখোক্লুবা ঐতনা লাক্লে
মগুণ য়াওদ্রবী নুপীদদি।

## মীকুপ খুদিং তত্তনা

মীকুপ খুদিং তত্তনা
ঐবু নুংশি শোল্লীবী,
মীনোক অমা তল্লকউ
নঙনা অরেপ্পা ওইগে।

খঙনা উনখিবা কয়াদা
পুন্সিগী নুংশিবা থল্লক্ত্রি,
মীনোক মৈশা লাংনি
খন্না লৈরকপা ঐতনি।

নঙ ঐ নুংশিনবদা
বাথোক ওইরক্কদবা লৈরদি,
লাপ্পরিঙৈ নক্কদবা চুমগনি
ঐদি মতিক চাদবনিদো।

# করম্না কাউগনি অপোকপী পলেম্না

করম্না কাউগনি অপোকপী পলেম্না
নরূপলোই কয়া উরগা তেংথারিনে,
ইমাগী ইবুংঙো স্না মতুম
উরক্তবা কুইরে থরাইগী মণি।

অয়ূক নুংথিলদা চখোকখিবোই নীংই
নুমিদাং ওইরে তুমখুল হুল্লীবোই,
নঙগী তুমফম কাদা চঙলুরগা
লৈরমদবা নুমিৎ মশীং থিরি।

মচাগী মৈরি কল্লিদকো নোংদমখোল
তৌরাথক্তা ওনববু নঙদি খঙদবোই,
পুন্সি চেঙজেল লোইদনা খমদৌরে
খমনুং শরা তানখ্রবা পারি-ও।

## লাপ্লখ্রবা হায়বসিনা

লাপ্লখ্রবা হায়বসিনা
থেংনরসু থৈনরে,
মতম অমগী
অমত্তা ওইরম্বসে।

মাইথোং লূ-লূক্না
থৈনখিবা নত্তনা,
থম্মোয় অনী
করি হায়নখিনি।

মতম অমগী
লৈনরম্বা মরীদুনা,
কৌনিংলসু ঙম্লদ্রে
হায়নখি ব্রাহৈনা।

# ইচীনসিনা হেক কাংলুবদা

ইচীনসিনা হেক কাংলুবদা
ইনাক্তা চঙলক্কদবা লৈশাশিংনি,
ৱা'মত্তা হায়বা য়াদ্রে
হৌজিক মতম 'সিদি।

নুংশি হায়গে নীংলবসু
লৈরমগদবা কয়া কয়ানি,
কায়নবা থুংনবা মখোয়দা
কৈসু নত্তে পুন্সিসে।

থোইবীগুম খনবা লূরে
নোংবানগুম নুপাসু য়াম্মী,
ঐদি পূকচেল শেংনা
অমতা থিবা নুংশিবনি।

## নুংনা শাব মুর্ত্তিরা

নুংনা শাব মুর্ত্তিরা
ইমাঙদা লেপ্লীবা নঙবু,
নঙনা কনাদা য়েংদুনা
নুংশিগী লাং থাক্লীনো।

পুন্সিগী খনবীগে নীংলদি
ঐ হেক্তা কথোক্কে,
লেংদনা থম্বা ঙমগনেদি
নঙতবু লাত্তুনা থমজগে।

ঙহাক্কী শাথেক্তা ঙাওহনবদি
মীৎচিদা খত্তুনা লেঞ্জগে,
নুংশিবা থিবদি লূবনি
নুজা নঙসু খঙউ।

## ঙসিদি হংলগে

ঙসিদি হংলগে
থম্মোয় নঙোন্দা,
নুংশিবগী নঙনা
কপ্লীবা করিগী।

লোৎকনু অমুক্তং
অৱাবসু খঙই,
মশক তাকপসু
লূই খঙই।

চীনবাম্বোংদা নোকপগী
থম্মোয়না পেঞ্জবা,
মীনোক্লা পুন্সিগী
অর্থ লৈহনবা।

## কুইনা উনখিদ্রবা তূংদা

কুইনা উনখিদ্রবা তূংদা
উনরদি হায়দুনা লাকপবু,
ঙসি নাথৈদুনা লৈখিববু
পেন্দবা করি লৈবনো।

নোংমা শাউনবগী ৱারৌরদি
ঐগীসু পেন্দবা লৈরিনে,
লমন খুন্নবগী মওং
থম্মোয়দা নঙনা খলহল্লবোই।

মহু চাউবা ওইনা
ঐবু খিনবা তাহনবীনু,
নঙগীদমক লেপ্লীবা ঐসে
পূকচেলসু শোয়দনা হোংখিনি।

# নুংশিবা কয়া কায়নরে

নুংশিবা কয়া কায়নরে
থম্মোয়গী ৱারী শারক্কনু,
নুংগী মুর্ত্তিগুম লেপ্পুনা
নঙবু য়েংবা ঙমলোই।

থম্মোয়সে তত্তনা কায়বনা
মীনুংশিগী ৱাখল চেনদ্রে,
নখোয়গী নুংশি নপাউসু
নাপ্পদা অমত্তা তল্লক্কনু।

ঐনা নুংশি হায়রক্কদি
পুন্সিগী ওইনা খল্লবনি,
নখোয়না ওইনা হৌরকপদি
থাজবা কয়া লৈত্রে।

## কনানো নঙবু অমুক্তা খুম্মু

কনানো নঙবু অমুক্তা খুম্মু
নুংশি ঐবু তত্তনা হায়রিবা,
ঐদি নঙগী পূকচেল খঙদনা
কথোকপা ঙমলোই পুন্সিসে খঙউ।

মীৎ ঙাওবা ওইনা উবীনু
থম্মোয় থম্মোয়গী ৱাদা মরুনুসি,
পুন্সি লৈপুনবু মীনমদুনা চৎখিনু
অশেংবা মরীনা নুংশিবা থন্নসি।

যৌবনগী মতমদা থেংনবা কয়ানি
পাখঙ লৈশা ওইবগী তাংকক্তি,
হায়নবসু লৈ নুংশিবা খঙলুনু
মৈচাক ফঙদুনা অৱাবা ওইনি।

# পুন্সিগী লেপলোইদবা ওইরদি

পুন্সিগী লেপলোইদবা ওইরদি
হৌরমগনু ঙহাক্কী নুংশিবা,
নঙবু নুংশিবা ঙমজরোই
থম্মোয় শেংনা হায়হৌরি।

মীৎ ঙাওবা তাহনবীনু
কনাগসু মরী থল্লক্ত্রি,
থেংনরকপা নুজাদি কয়ানি
খোয়দাবসু লৈরক্ক্রবা চাম্মনি।

নঙনা নুংশি হায়রদি
পুন্সিগী লৈপুন য়ারদ্রা,
অউবা খুদিং ঙাওরুরনু
ইবানিদংগী থম্মোয় পীনসি।

## পঙাও ঙাওজবা লৈশাবী অমনা

পঙাও ঙাওজবা লৈশাবী অমনা
পাখঙ শরি মাবু হৌজিল্লুরে,
নুংশি লম্বীদা ঙসিদি খোঙদারদ্রা
হায়য়ু যৌবনগী পাখঙ নঙবুনে।

নুংশিবা করিনো খঙদবা নঙসে
কিজবা ৱাজবনা লৈতাফম খঙলরোই,
মাগী মীনোক্তা ঙাওখিবা থোক্লবদি
থম্মোয় লাইমন নুংশিবগী ফঙলনি।

মথোক কারকপা নুজা মাদি
নঙগী খনবীরোই নুংশিবা তম্বদনি,
খঙউ চহী মতাং নঙতগী
চুক শারসু লেম্না শাজহৌ।

# খনুং শৱা তানঙমদ্রে

খনুং শৱা তানঙমদ্রে
মীৎলুদা পীরাং শিন্থরিসে,
পারি নঙনা করম্না
লৈহৌনি খনবদা ৱাবনি।

নোংদম থিবা মপোক্না
পলেম নমাদি লানঙমদ্রে,
পঙ্থৌনা নাউকোনখিদ্রবা পারি
ৱানা লেন্নীদো ইচাদি।

নশুং নমান্নবা কয়ানা
পলেম পঙ্থৌবু লৈতবা,
লমজা পাংকক ওইনা
মিঙ্গৌনবা কোকপদি ঙম্লরোই।

## নঙসে নুংশি

নঙসে নুংশি
পাম্মুনা শোনগে,
থম্মোয় - লকানুংদা
লেংদনা লৈহনখ্রগে।

অয়েকপা লাই
লীশিং লীশিংনা,
মোনারিশাগুম্বা চাম্মনা
হেনবসু লৈতে।

চাংদম্নরি অমদি
থম্মোয়দা ফুমলি,
মসিনা নুংশিবগী
হেনবদনি শক্লসনু।

# লাক্কদৌবা মাল্লিবা মাবু

লাক্কদৌবা মাল্লিবা মাবু
লাকখিদবা কুমশিং য়াল্লক্লে,
হন্দক্কী অনৌবা চহীদা
খণ্ডহৌদনা লাক্লদি পেঞ্জনি।

মানা নুংশিনা হায়রম্বা
মবুক্লিংগী ৱাহৈ কয়াদো,
ঐগী থম্মোয় লকানুংদা
তত্তনা নীংশিংবা ওইহল্লি।

য়েন্নীং হুল্লমদবা উপাল
য়েন্নীং হুনখিবদি কয়ানি,
ঐগী থম্মোয় ময়োলদি
পুর্ণিমা চান্মদসু অরেম্বনি।

## পূক্লিংগী অরোনবা ৱা

পূক্লিংগী অরোনবা ৱা
ঐদি লোৎপা ঙমজদে,
নশক হেক উবদা
হায়নীংবা কয়ানা থনবনি।

নুংশিবা নঙোন্দা ঐনা
পুক্সিগী ৱা'মা হায়রক্ত্রি,
কুইনা খঙনরকপা নঙবুদি
পুক্সিগী খোঙলোইনি খনখিবনি।

নঙগী থম্মোয় লকাদা
অমকপা লৈতনা থম্বীয়ু,
করিগুম্বা মতমদা মীরাইবীবা
নুংশিগী মরী তৎলবনি।

# খৌরাংনা ঙাইজরকপা লমতা থা

খৌরাংনা ঙাইজরকপা লমতা থা
ঙসিদি লাক্লে ইংনা চিক্লা,
শাবী শানৌশিংগী খূজেং পায়নবা
লমতা থাবল ঔগ্রী মথেক।

লৈরক খুল্লক নীলনা লৈরনি
কুমশিগী অরোইবা খূৎথেকসু তম্মনি,
য়াওশঙ থাবু মশক তাক্লুনা
হোল্লি নাক্লথেং তূংইন্না পুখিনি।

অরৈ লৈতা পেননা থানি
অনৌবা ফিজোলনা কুমগীবু তম,
কেনা ওয়না মতৌগী কূম্মোনি
লমতা মাগী নুংঙোলবা য়াওলদি।

## নীংথম উলেন লোইরকপা মতম

নীংথম উলেন লোইরকপা মতম
হৈখা মালহৈ মপাল তম্লকপা,
য়াওশঙ কুম্মোনা পূক্লিং নুংশিহনবা
সমতা থা লাংতক্লহনবা থা।

য়ৌরক্লসু চংখিনি খনবদা ৱাজৈ
হোম্লি নাক্লথেং লোইনা পূম্বা,
হরাউ তয়াম্বগী মীনোক্তি লৈহৌনি
অঙাং অহূল কয়াগী থম্মোয়দা।

লোইবা নত্তে বারুনি লৈরি
লমতা থাগী তোমথিনবু ওইনা,
শাবী শান্নৌশংনা লিক্কোনসু শাম্বা
কুমদম শৈদম্নবা লমতাগী পূর্ণিমা।

# হিয়াঙ্গৈ পোইনু অনীগী

হিয়াঙ্গৈ পোইনু অনীগী
থখাইদা লাকখিনি তম্লম্বী,
ঙাইহিরি পূর্ণিমা ঙাইবগুম
ঐনা ঙসি নঙতবু।

লবুক লমহাংনা কোক্লকপা
নীংথম উলেন্না য়ৌরকপা,
অয়ূক নুংথিল অনীদগী
অহিংনা শাংলকপা মতমদা।

মসিদা নৎত্রা নঙনা
শাক্তি ওইনা থনম্বা,
হোংদ্রিবা মতমগী খোঙলৈদা
ইবানিদংগী নুংশি ব্রাশক্তি।

## কাউরব্রনে নিঙোল নঙবু

কাউরব্রনে নিঙোল নঙবু
পাখঙ ওইবদি নীংশিংলি,
তম্লম্বা লিক্লাংসু শিরিনি
নাপ্পদা চিল্লম্বসু লৈরমখিনি।

থম্মোয় অনী চেৎনা
শরিনরগা কায়নবা মীকুপ্তু,
হিয়াঙ্গৈ পোইনু থাগী
লোন্নবা নুমিত্তুদা নৎত্রনে।

পুন্সি লৈপূনসু তম্নদ্রি
শাক্কিদং নীংশিংবা নুমিৎসিদা,
কায়নবগুম থরাই রাব
নঙসু ওইরিদ্রা ঙসিদি।

## হো ওঝা মাইবা

হো ওঝা মাইবা
লাইফাওদো অমুক্তা চেনবীয়ুবা,
নুংশিবী মশীং য়াম্লুবা
পাম্মুবী মশীং য়াম্লুবা
মাঙলে মাঙলে ঐদি
গ্যান মাঙলে ঐসে।

ঐগী করম্বা চান্নবীনা
পুন্সিদা লৈপূন ওইগদবা,
নুমিদাংৱাইগী তাঞ্জাসিনা
লোইশিনখিনি পাম্মুইদো
লৈকাইবু শুনা কোইহৌদা
অহিংবু তূম্বা য়াদেদা।

উরিবা খুদিং পাল্লীবা
ফজবা খুদিং নুংশিরিবা,
মসিবু করম্বা থম্মোয়নো
যৌবনগী পুন্সিদা ওইহল্লিসে
অতৈসু ঐগুম তৌরিদ্রা।

# মীয়াম মরক্তগী ঐবু

মীয়াম মরক্তগী ঐবু
নুংশি হায়না লাউরক্কনু,
মমল লৈতবী তাহনবীনু
নুংশি খঙদবী ওইহনবীনু
চঙলক্লগা নুংশি হায়রোলাউ
ঐগীসু থম্মোয় পাল্লি।

খৃবাক খূনা লক্করগা
করম্না নুংশি হায়নি,
নুপা ওইনা পোক্লগা
করিগী অদুক পাঙদবা
নোকফেত্তা তৌরকউ নঙ
থম্মোয়সে হেক্তা পীরগে।

মীমাঙ পূমাঙ নায়দনা
মিং পন্না লাউরকপা,
ঙাওরে হায়রোইদ্রা নঙবু
চৎলসি লাক্লো অচিকপদা
নুংশিগী বারী শারুরসি
থম্মোয়গী মরী চেৎনবা।

## লৌনল্লগেরা নঙনা ঐবু

লৌনল্লগেরা নঙনা ঐবু
নোংদোলগী থাজ শকলোৎপী,
নুংশি মীনোক তম্বীরল্লগা
লৈচিলগী মরুমদা লোত্তুনা।

ইমাঙদা করিগী লক্করম্মী
থম্মোয়সে কায়হনবা ওইনা,
নঙদি শাবী শানৌশিংগী
পোত্থাফম্নী হায়নবা খক্তনি।

অমুবা নোংহৌনা খনগ্রবা
নঙগী মাইথোং থিরবনি,
কনানা নঙবু শিংথানরিগে
থাশি ওইখিবা মতমদা।

## ঐবু মীরাইদুনা চৎখ্রবী

ঐবু মীরাইদুনা চৎখ্রবী
ঙসিনা করম্বা মীৎয়েংনো,
লেপ্তুব্রা নঙগী থম্মোয়
নঙগী পূকচেলদি থাজররোই।

ফাথবা ঙমহৌদ্রবা থম্মোয়সে
নঙগী লৌনম ব্রাহৈদা,
নুংশি মীনোক তম্লুবনি
পুক্নিগী আশা থমদুনা।

অদুঙৈ মতম অমদা
ঐবু কয়া থাজহনখি,
ঙসিনা করি খল্লগা
লমলানবা ওইনা ইঙ্খোকইবা।

# চান্নবা হৌরক্লীঙৈ নুংশি হায়হৌরো

চান্নবা হৌরক্লীঙৈ নুংশি হায়হৌরো
খোঙফম হোংদ্রিঙৈ চেৎনা পূনশিলহৌ,
ইকায় থিবী লৈরাংগী হৌনশা
পামজদে হায়খিনি মমল কাহন্দুনা।

হায়জরগা য়াবনি কিরুনু নুংশিবদা
য়ারবা থম্মোয়দো লৌনম্নী চীনবান্দা,
শাউশিন্নৌ মমাঙদা মতৌ য়েংদুনা
কপ্লক্কনি শোয়দনা মপি তানা।

ফাগীদি তৌরুনু ওয়না চাউবীনি
নুংশিদা হায়য়ু নোকপা ঙম্বীনি,
থেম্বা হৈত্রবা কপ্তুনা চৎখিনি
থম্মোয় কনবনি কায়নরসি হায়রক্লী।

# মীচেলনি ঐদি

মীচেলনি ঐদি
নঙগী নুংশিগী লানফমদগী চেল্লবা,
ফারনু ঐবু বন্দী ওইনা
নঙগী লৌনম্বী ৱাহৈ কয়ানা।

হৌখিবা পুন্সিগী তাংকক অমদা
লোইখ্রে ঙম্না ঐগীদি নফমদা,
কেমহৌরে পুন্সিসে লৈখা তানা
ৱারৌনি কনাদা তাইবংগী মীনম্নবদা।

লাকখিনি নঙগীদি অহোংবা ওইনা
অহেনবা মচুগী ফজবা শক্তম,
শীন্নখো পৈশাগা ফঙগনি অপাম্বসু
কিরুনু ইজৎ লোৎশিল্লগা হিংউ।

## মীৎয়েং খেন্নৈ

মীৎয়েং খেন্নৈ
রাখল ওন্নৈ,
থম্মোয়না অমা
চীনবান্দনা নুংশিবা।

মাইথোংদু য়েংগনু
মীত্তা ঙাওগনু,
পুক্নিগী ওইবদি
তোঙানবা মশক্নী।

ঐনা ঙাঙথোকইবা
নঙনা খঙদ্রি,
লেপ্পীবা পুক্নিসে
হোংসু হোংলরোই।

# ইনাক্তা ঙসিদি ফম্মুলাউ

ইনাক্তা ঙসিদি ফম্মুলাউ
হায়রগে নঙগী নাপ্পদা,
ঐসে নঙগী কনানো
কনাবু ঐনা নুংশিজৈ।

নাপল কাখিনি খন্না
চাউথোকপা লাক্কনি নীংনা,
ফাগীদা তৌদুনা লেল্লকপা
ঐগী ইতৌসে হায়দোক্লগে।

নুংশিবগী মীৎয়েং য়াম্মী
পামজবা নুংশিজবা খেন্নবনি,
ওয়না ওয়ননা পাউখোঙজবদি
নুংশিবগী অশেংবা উৎপনি।

# মৈশা লাংনবা পুন্সিসে

মৈশা লাংনবা পুন্সিসে
নুংশিবা হৈরুরে ঐ,
থম্মোয় ৱাজনবা শীল্লুরে
পীরাং শিন্থবসু ওইরে।

পলেপফম লৈতবা ওইনা
মঙলান ফুরা শাগৎলুরে,
নীংবা কায়বতা ওইরে
নুংশিবা ইখঙ খঙদনা।

থাংলিবা খোঙথাং শোয়খ্রমান্নে
পুন্সিসে খোঙফম হোংলগে,
খাঙবা ঙমদ্রে ৱারে
থম্মোয় লাইমনদা কেমদৌরে।

## নুংশিবগী নঙ শিস্থৌ

নুংশিবগী নঙ শিস্থৌ
পীরাং মরিক মরিক,
কপ্পু থম্মোয় শোক্লা
পুন্সি নদোম লেন্না।

ঐনা শীংথাজগে নঙবু
নুংশিবা অমদা কখোকপনি,
মীনমদ্রবা কনাগী মফমদা
নঙবু লমলানবনি খঞ্জসনু।

নোংমা লৈরি নীংশিংলকপা
মদুনা লমন শীংবনি,
অমা কায়নবদি হৌনশানি
ঐদি তরা কায়নরি।



— ঃ লোইরবা ঃ —

*এম. সি. প্রিয়োবর্টা*

পোকপা : খৃষ্ট-কুম ১৯৬৫ ইং,
কোংবা নোংথোম্বম লৈকাই, ইম্ফাল।

লৈখিদবা : ১৯৯৬ ইং।

মহৈ : বি. এ. লোজিক।

মনা-মথুম : এল. দি. এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফালনা পীব
"১৯৮৭ ষ্টার" ষ্টেট এৱার্দ।

*পোকমিন্নবা :*

মোইরাংথেম য়াইমা অমদি মোইরাংথেম ওংবী ইবেতোন অনীগী মচা নিপাল পোকপগী মনুংদা অইবসিনা (শৈরেংবা) মঙাশুবা মচানি। পোকমিন্নবা মচিন মনাউদি :

১) বীলাসিনি (খোইস্নাম ওংবী, মালোম)
২) বীরেন
৩) বীজেন্তী (মুতুম ওংবী, কৈশামপাৎ)
৪) খেলেন্দ্রো
৫) প্রিয়োবর্টা
৬) শীলা (বেবী)
৭) মোনোরঞ্জন অমসুং
৮) সান্তা

*অইবগী পুথোকখ্রবা ঈশৈ ওদিও অমদি সি. দি. কেসেৎ*

১) "আসুকি" ১৯৯৩ ইং
২) "চোপ্লে-চোপ্লে" ১৯৯৪ ইং
৩) "ফারবনি নঙবু নুংশি লাংদগী" ১৯৯৫ ইং
৪) "ধ্রুবতরানি খঙ্গরুই নঙবু" ১৯৯৬ ইং
৫) "থম্মোয় পান্দবী" ১৯৯৭ ইং